# নঙগী চিনবালদা ঐগী ঈশৈ

অইবা: কে. সি. নন্দ
ফোঙজবা: কে. শ্যাম সিংহ



ইম্ফাল
ফেব্রুৱারী ১০, ১৯৮৮ ইং

মমল
লুপা ১৮-০০

# ব্রা অমত্তুং

"মঙ্গী চিনবালদা ঐগী ইশৈ" হায়বা লাইরিকমচা অসি ঐহাক্কী অনীশুবা খুদোলনি, অহানবদা "গুলী অমস্তুং থরাম্নগী শৈরেং" কৌবা লাইরিকমচা অমা খুদোল তমজখ্রে।

হন্দক্কী লাইরিক অসিদা মরু ওইনা আকাশবানী ইম্ফালদা মীয়াম্না তোয়না তানশ্রবা ঈশৈ কয়া থনগৎলুনা হাপচরি লোয়ননা নৌনা ইবা ঈশৈ কয়াস্থু হাপচরি। ঐখোয়গী নোংমু নোংমগী পুন্সিদা থল্লীবা ব্রাখল থম্মোয়দা ফাউরীবা মখলমথেলগী ইথিলশিং অসি মতেক মতেক ওইনা থেংনরি, অদুগা করিগুম্বা ব্রাখল নত্রগা ইথীল, অমত্তনা অশুম্বক হোংবা লৈতনা ঐখোয়বু পুংদুনা থম্বদি ওইথোক্তবগুম উই। নোংমগী মনুঙদা হরাউ-নুংঙাইবা, ঈচঙথেবা, নুংশিবা, কপ্নীংবা, শাওন্নীংবা, পুক্নিং নুংশিবা, ঈকাইবা অসিনচিংবা কয়া কয়া থেংনরি। ব্রাখল অমগী ইথীল অমগী ইশৈ ময়েক অমা ইবা য়াই। ইশৈ ময়েক হায়বসি শৈরেং মচা অমনি ব্রাহ্মস্পা য়াদে অকক্নবা মশীং থরগী মনুঙদা ফোঙদোক্লীংবা থম্মোয়গী ইথীল অদু ফজবা ব্রাহৈ লৈতেং শেমহনা ফোঙবা তাই। তোঙান তোঙানবা ইশৈ ময়েক কয়া কয়ানা পুনশীল্লগা পুন্সিগী ইশৈ শেম্মী হায়বা য়াই।

অশাউবা, নোক্লীংবা অসিনচিংবা পুক্নিংগী ইথীলনদি ইশৈ ময়েক শেম্বা পংবা য়াদে। নুংশিবা, নুংশিরবগী মরী লৈনবা রস মখল কয়াদদি তংতনা ইশৈ ময়েক ইনীংবা পোকই। মরম অসিনা রসকী অথোয়বা শৃঙ্গার রসতদা ইশৈ ময়েক আশুক য়াম্না ইনবীবসে। ভক্তিরস হায়বসিস্থু শৃঙ্গারগী থোইনা হেন্না ফজবা মওং অমনি হায়বা য়াই। মরম অসিনা ভজন মশীং নায়দনা কবিশিংনা ইহুনা শক্লরমলি।

হিন্দুস্থানী সংগীততা গজ্জল অমসুং ভজন অনী অসি মীয়ামগী খায়দগী পাম্নবা ইশৈগী মওং ওইনা লৈ। পুন্সিগী কোয়ৌনা আশুম আশুম হায়থরক্লুনা পুক্নিংদা মায়াগী য়াখল থম্মোয়দা অপাম-মুংশি কন্নকমীহৌ-লৈরক্লবা মতমদা ভজন-তনা পোথাফম ওইরকনি। মহুনা অচুম্বনি। অচুম্ববু থরা হেন্না ঙন্না খঙবা ঙমলবদি জগত অসিদা শান্তি লৈগনি। থেঙনা খঙবা নত্রগা ইখঙ খঙদনা লৈখিবা কয়া লৈবনা অশান্তিগী মচাক লৈরীবনি।

হন্দকী ঐনা তমজরীবা ২ঙবা খুদোলসিদি ভজনগী নত্রে, শৃঙ্গারনা মপুঙ ওইবা প্রেমীক প্রেমীকাশিংগী ইশৈনি, মসিতনসু, মপুঙফাদ্রবনসু ঙাইহাক্তংদি পোথাব য়াগদ্রা খন্দুনা লাম্থোকচবনি মতুঙদা ভজনগী খুদোল মচা অমত্তংগা তমজরককে খীংজরি।

অদোমগী

কে: সিঃ নন্দ

(মায়থিদ্রুতন লৈরে ঐ)

কেঃ সিঃ নন্দ

মোংলল-চরৈসে ইন্দুনা ঐ
করম লাকসিগে নঙগী নাক্তা
ফজব-নীংথিব পুম্বগী মবুংঙো
খল্লু-খল্লুরগা ইকায়রে ইথন্তা ॥

কাউজন্থীবা মপোক্তা পোক্লুবনা
অশুক কুইবসে কাউথোক্লুরে নঙবু
হন্দক্কী মপোক লাংঙনসিমম্থু
ঙমগন্নি থাজদ্রে ননাক য়েংজবা ॥

পঙজবনা ইথন্তা য়ানশীঞ্জরে
ইথুংনা পাইবা শীংজংনা ইখোঙদা
নঙনা ফমা কৌহ্রুনম্থু ঐ
ঙমগনি নীংদ্রে ইখোঙসে থাংজবা ॥

মোক্লিনি নঙদি ইতৌসে উবদা
লিক্লী মচেংপু মনিগুম খুল্লীবা
মপোক কয়ারক পোক্তুনম্থু
মায়থীবত নঙলে নঙগী চাংয়েঙদা ॥

(থিররোই নুংঙাইবা ঙাইররোই অচুম্বা)

অরাব মালেমদা থীরুই নুংঙাইবা
মীনম্বা তাম্নবঙদা তান্নরুই অচুম্বা
পুন্সি চেঙজেলদি লোইখিবনা হাল্লনি
হোংনজব পুম্নমক অরেম্ব তাররনি ॥
করিগী পোক্লীব অশিবগী মরুমদা
হিংবগী কান্নকম খঙদনা হল্লদরা
কপ্পা পোক্লগা কপ্পা চংলদরা
করম্ব মীংকুপ্পা নোকখিব খঙদনা ।
চংপদি চংখিনি পন্থুংকমদি খঙদনা
অমুকম্তু হল্লকখিনি খোঙচং হোংনবা
নোংমদি নোকনি অচুম্বদো উরগা
থিররোই নুংঙাইব ঙাইররোই অচুম্বা ।
অরাব মালেমদা থীরুই নুংঙাইবা
মীনম্বা তাম্নবঙদা তান্নরুই অচুম্বা
পুন্সি চেঙজেলদি লোইখিবনা হাল্লনি
হোংনজব পুম্নমক অরেম্ব তাররনি ।

(থাজরুবগী মহৱ)

লাকনি ৱাশকখি কয়ারক নঙনা
কুমজা'মা ওনগ্রফাউ লাকখিদে ইনাক্তা
হৈন-লীচং ওইরয়ে—নঙগীদি ৱাশকপা
থাজরুবনি ঐনা থাজগনবা ঈহৌশা ।
থাবুম কয়া হৌখরে খঙহৌদা
ৱাকং কয়া তমজখি অহাঙবদা
কনাবু ঙাইরিবা হংজখি ঈথন্তা
ঙাইরুবা ওইরয়ে মীনা নোক্লবা
হৌখরে পুন্সি হল্লকপা লৈতনা
নঙগী মৈচাক লৈহৌরে হোংদনা
নোক্লরীনি নঙনা ঐগীদি অশোনবা
থাজরোই মঙমদব ৱাশক্তি অরানবা
লাকনি ৱাশকখি কয়ারক নঙনা
কুমজা'মা ওনগ্রফাউ লাকখিদে ইনাক্তা
হৈন-লীচং ওইরয়ে—নঙগীদি ৱাশকপা
থাজরুবনি ঐনা থাজগনবা ঈহৌশা ।

(পুন্সি-পাউখোং)

তুমহল্লো ঐবু মোংফম লৈরোম্নুংদা
মীংকপশু থোক্তনবা, মঙলানশু মঙদনবা ।

পুন্সি হায়ববু মঙানীতগি নত্তরা ?
নীনীগী আশা হুম্নীগী পিরাং ॥
ঙাইহুনতা লাকখি থম্মোয়না মাবু
ঙাইবশু লোয়রে পুন্সিস্থু খমলে ॥

ব্লারে 'দি হায়খীদে মৈচাক খাঙবদা
হীংখিবনি ঐনা মৈচাক্তো লোক্তুনা ।
মৈচাক্তো খাঙব লাকখিনি মাগীস্থু
ফোঙলখিনি পাউখোং থম্মোয়না চল্লস্বা ॥

তুমহল্লো ঐবু মোংফম লৈরোম্নুংদা
মীংকপস্থু থোক্তনবা, মঙলানস্থু মঙদনবা ॥

## (মৈরানবীগী ৱারি)

মৈরানবীগী ৱারিবু মৈৱীনা তাবীগদৱা
লীতদি মরীরগে তাবীরোইদবা নাপ্পত্থদা।
শীন্থনবা পীরাংশু মৈৱীগীদি লৈরম্লোই
খঙবীনবা থম্মোয়শু মহাক্কীদি পাল্লম্লোই।

কান্নবতা থীহুনা হীংনবরা পুন্সি
থুংনবতা খন্দ্রা নুংশিরুব য়াবরা।
পামজরুবা নুংশিবা মহাকথক্কী কেমজব
মহৈ য়াল্লে পুন্সিদি মৈরানবীগী॥

নুংশিব য়াউদ্রবা থম্মোয়হুবু থম্মোয়রা
কথোকপা হৈত্রবা পুন্সিহুবু পুন্সিরা
চাকউ হে মৈরী ওম্মখৈ চাকথেকউ
থীবফাউব ফংদ্রশনু চাকথেকগ্রব তাঙ্গোই।

মৈরানবীগী ৱারিবু মৈৱীনা তাবীগদৱা
লীতদি মরীরগে তাবীরোইদবা নাপ্পত্থদা
শীন্থনবা পীরাংশু মৈৱীগীদি লৈরম্লোই।
খঙবীনবা থম্মোয়শু মহাক্কীদি পাল্লম্লোই।

( উবীদ্রবা ফজবা )

উবীদ্রবা ফজবা ফজরুবগী করি কান্নৈ
খঙবীদ্রবা নুংশিবা নুংশিরুবগী করি কান্নৈ

হৌদোকপা লুবনি তুমদবা কনাবু
হৌদোকপীয়ু লায়না অতুম্বা মাতবু ।

তাবীদ্রবা ঈশৈ শক্লুবগী করিকান্নৈ
থৌশাবীদ্রবা ৱাখল খল্লুবগী করি কান্নৈ ।

অতিয়াদা থৱামিচাক লিশীংনি
থাজ-মাতবু শীংথানরি মালেমদা

লৌবীদ্রবা ৱাকৎ ফোঙলুবগী করি কান্নৈ
য়েকখিদ্রবা শকফম উৎলুবগী করি কান্নৈ ।

উবীদ্রবা ফজবা ফজরুবগী করি কান্নৈ
খঙবীদ্রবা নুংশিবা নুংশিরুবগী করি কান্নৈ

( চীংলোন ৱাংমদা )

লোইবী চীংলোন লান্না লাক্কে ঐহাক্তি
লৈহৌরে থম্মোয়দি চীংলোনসিগী ৱাংমদা ॥

নীংশীংবনা অৱা-নুংঙাই ওইরবা
তেল্লবা পুন্সিগী য়েকপ্রবা শক্তমদো
ৱাংম-ৱাংমগী থম্মোয় অনীসে
কীখরে কীশি কায়না-থৌরীনা।

থুংনবতনা পন্থুংলা নুংশিরুবগী
কায়নব-কয়াদি সুংশিনদে হায়সিরা
লান্না লৌখিবা থোক্লবগু ৱাখলসে
কাউওমদনা খল্লি অহীং-নুংথীলদা

লোইবী চীংলোন লান্না লাক্কে ঐহাক্তি।
লৈহৌরে থম্মোয়দি চীংলোনসিগী ৱাংমদা।

(কায়হনবীন্নু থম্মোয়সে)

কায়হনবীন্নু শোল্লবা থম্মোয়সে
নহাকীন্নি থম্না চেংনা থমজব
নখুংমক্লা শেমশীবা লৈকোলসে
নৈহংলগে খল্লবা নঙতগী শরুক্লি ॥

নঙগী থোঙ্গালদা লাকচরবা ঐনি
নিজবসে ফংদ্রবা নঙগী নফমদগী
কংলম্নগে পুন্সিসে নঙতগী ওইনা ॥

"লৈলা", "লৈলা" — মশুংলাংগীনি
লৈকংলাদ মজঁনুনা বাখিবা
নংহনবীগে অরাব নঙতগী অনীংবনি ॥

নোংলৈ-নুংশিং হৌরক্লে মায়কৈ শীন্না
মুংথ্রগনি মৈরীসে বারব-পুন্সিগী
হীংহনবীগে থরায় নঙতগী অপাম্বনি ॥

( লাকখিনি হায়রম্নগা )

লাকখিনি -২- হায়রম্নগা চৎখিব
লাক্তরে করিগী মহাক্তি
কয়াদ কুইরবা ঙাইরিবসে (ঐনা)
নঙনা লাক্কদৌবা লম্বীদা ।
কাওখিবা থোক্লবা নঙনা
উনখিশি হায়রম্বা অহুঙৈ
ওইদ্রীবরা হল্লকপা মতম
মপুঙফারে থাজগু ঙসিদি
হোংগ্রবরা লমথুঙফম নঙগী
খোঙদাগ্রবরা অনৌবা লম্বীদা ॥
কয়ামকুইনা ঙাইখো হায়বগে
লাক্লরোইদবা লম্বীদা নঙগী
তাকপীরমখো অনৌবা পাম্বৈ
থাজরুবনা লাল্লবা মপোক্কী
করম খাঙউগে থম্মোয়-মৈচাক
শান্নপোংনি খল্লবরা থম্মোয়সে ॥
লাকখিনি -২- হায়রম্নগা চৎখিব
লাক্তরে করিগী নহাক্তি
কয়াদ কুইরবা ঙাইরিবসে (ঐনা)
নঙনা লাক্কদৌবা লম্বীদা ।

( অঙৌবা চেবাঙবা থম্মোয়গী বা )

অঙৌবা চেবাঙদা ইরগে থম্মোয়গী বা
নঙতনা পাবীনবা নঙতনা খঙবীনবা ॥

তুম্বচাব খঙদনা অহিঙ-নুংথীল খায়দনা
অঙাউবগুম লেল্লকপা নঙতগী মরম্নি
ফোঙদোক্কনা অশুম ঙমদরে খাঙজবা
খঙতদি খঙহল্লগে থম্মোয়নুংগী মৈচাকসে ॥

পুন্সিগী লম্বলদা থেঙনখিদ্রি নঙগুম্বী
অশুক ৱানা খাংজবা থেঙনদ্রি মৈচাক
থৌদাং পুম্বা কাউত্থনা লুপলে নঙোন্দা!
লাল্লে খঙনা লাল্লবনি নঙগী নকাদা ॥

অঙৌবা চেবাঙদা ইরগে থম্মোয়গী বা
নঙতনা পাবীনবা নঙতনা খঙবীনবা ॥

( তংহৈলদবা লংগা )

থদংলগে খল্লবরা মুংশি লীপুন
করম্বা নঙগী অনৌবা ৱাখল।
শমজীনবা তারবা লংলাসে অমুক
অমদি লৈহৌগনি কীশি শোয়দনা ॥

থম্মোয়গী ৱারিদি থম্মোয়দা হংউকো
ঙসি থৌশাদ্রবগী নোংমদি খঙলকনি।
অরংবা পুম্নমক সনাদি নত্তেকো
লায়না ফংবা মুংশিবা লায়না মাঙখিনি।

অপাম্বনা নঙগীদি পুন্সি শক্লীদো
ঐগীদি থম্মোয়তনি অপাম্বা য়াউদ্রবা
হাংহনা লৈখিনি থম্মোয় থোঙ্গাল
খঙলকপা ঙাইখিনি অচুম্বদো নঙনা ॥

থদংলগে খল্লবরা মুংশি লীপুন
করম্বা নঙগী অনৌবা ৱাখল।
শমজীনবা তারবা লংলাসে অমুক
অমদি লৈহৌগনি কীশি শোয়দনা ॥

( থম্মোয়নুংগী কান্নদ্রবা ৱাকৎ )

নঙবু নীংশিংদ্রবা কনাগী মফমদা
করিগী ফোঙলুরি নঙগী ৱাকৎ
নঙবূ খঙবীদ্রবা কনাগী মমাঙদা।
করিগী উৎলুরি কায়রবা থম্মোয় ॥

খুমজীন্দ্রবা লমায়দো অমুক হাংলুরনু
নঙতনা ইখীবনি নঙতনা মুৎথৎলু
লম্বীদা তারবা খোঙ্গাউনরবা নাচোম
কনানা চৌনগনি খুনগত্তূনা নাপ্লদা।

অৱাবগীনা ৱানা নুংঙাইবগীনা নুংঙাইনা
মীৎকুপ পুংজা হেখিগনি— পুন্সি.দি
তমলমদ্রবনি নুংঙাইবা নঙগী লাইবকতা
করিগী লুপ্লীবা ওইদৰা মঙলান্দা ॥

নঙবু নীংশিংদ্রবা কনাগী মফমদা
করিগী ফোঙলুরি নঙগী ৱাকৎ
নঙবু খঙবীদ্রবা কনাগী মমাঙদা
করিগী উৎলুরি কায়রবা থম্মোয় ॥.

(ফোংঙমত্রবা নুংশিবা)

নঙবু নুংশি-দি হায়ররোই
নঙগী অনীংবা কায়দনবা
ফোঙদোক্কবা নুংশিবগু নুংশিবনি
চিনবালথোংগী ৱাহৈদি অৱেম্বনি ।

ঐগী থম্মোরবু খঙলরোই
খঙগে হোংনরগু কয়ারক নঙনা
ঐগী মৈচাকতি অশুম চাক্রশনু
মতুনা ঐগীদি পেঞ্জবনি ॥

ঐগী মীংয়েঙদা চী নরবা
মতুদি ঐতগী ঈৱালনি
নঙগী য়াইফবতা নীংলিবা
লাইবক ফরবনি ঐগীদি ॥

নঙবু নুংশি-দি হায়ররোই
নঙগী অনীংবা কায়দনবা
ফোঙদোক্কবা নুংশিবগু নুংশিবনি
চিনবালথোংগী ৱাহৈদি অৱেম্বনি ।

## ( নঙগী চিনবালদা ঐগী ঈশৈ )

নঙগী চিনবালদা ঐগী ঈশৈ
নোংমদি শক্লুখিনি ঐগী শুরদা ।
ঐনা ঙাউজরীবা অহীং-নুংথীল
ফাউরকখিনি নঙোন্দা অচীকপা তাঞ্জাদা ॥

শকখিনি ঈশৈসে থম্মোয়গী শৈরোলসে
ঐহাক্কী তান্থাদা থম্মোহুনা শৈখুমদ্রীকাউ
খঙলকনি নহাকস্থু করম্বা মৈচাকনো
তুম্ব-চাকা খঙদা তাউরীবা মঙলান্দা ॥

কয়াম-কুইনা হায়খিনি খঙদে (২)
ঙাউহনবদি ঙম্লগা খঙবীবদি হৈতবা
খঙশীন-উশীন্নদা হেন্নহুম চাকহল্লে
থৌরনু পুক্লীং লমলানবা কনাগী ॥

নঙগী চিনবালদা ঐগী ঈশৈ
নোংমদি শক্লুখিনি ঐগী শুরদা ।
ঐনা ঙাউজরীবা অহীং-নুংথীল
ফাউরকখিনি নঙোন্দা অচীকপা তাঞ্জাদা ॥

(ৱাশক অদো ......)

থাজরুবা নওগী ৱাশক
ভাউজরুবা নওগী মীংয়েঙ
লৈকওলা ওইরে পুন্সিসে ।

গুলাবপু পামজরুবা থম্মোয়
ফংহৌরে তীংখঙ-চৈনাখোল
চিনবালগী ৱাহৈনি ৱাশক
মীংয়েংগী লৌনমনি নুংশিবা ॥

চিক্লুবা পুন্সিগী লমবীদা
খোঙলোইনি নীংলুই নৈচীলবু
শাখপ তোয়বী চেকলাবু
য়োকচরুই অহাঙবা লকাদা ॥

থাজরুবা নওগী ৱাশক
ভাউজরুবা নওগী মীংয়েঙ
লৈকওলা ওইরে পুন্সিসে ॥

(ওমচাক্পবা)

থরাইগী পোস্থাদা রাশকচখিবা

চংথরে মহাক্তি থাজবা ঙমদনা ॥

হল্লক্লরোই হায়রপ্বা মহাকতো

হল্লকলি করিগী তোয়না র,খলদা ॥

মীচিক-মীরাউখোল তাত্র' অহীংদা

চৈররি কবিগী ব্রারোরবা থম্মোয়বু ॥

কীজক্লবনা মীনোক-মৈশা অকনবা

শীন্থব ঙমজদে ফোংনা পীরাং

মৈচাকসিদি অশুম্না অশুম থম্মোয়নুংদা

ওমচাক্পা করিগী চাকলিবা ॥

থরাইগী পোস্থাদা রাশকচখিবা

চংথরে মহাক্তি থাজবা ঙমদনা ॥

(আশাগী থাউমৈ)

নঙবু ঙাইরি অচীকপদা
নঙগী লম্বীগী চিদায়দা
মুৎথ্রবা আশাগী থাউমৈস্তু
চুখৎকে লাক্লরি মৈচাক্লা ।।

নীংশিংলগা হৌথ্রবা পুন্সি
ৱানা খাঙখীবা নঙ-ঐ
হীংখিগে হোৎনরি মীৎকুপতং
হীংলম্মী হায়বা খঙনন্নবা ।।

ফংলে চৈনাখোল খাংঙমদবা
লাল্লে খঙনা লাল্লুরবনি
শিন্থরগে পীরাং লেপ্পা লৈত
খোৌরাংবা কোকপরা য়েংলগে ।।

নঙবু ঙাইরি অচীকপদা
নঙগী লম্বীগী চিদায়দা
মুৎথ্রবা আশাগী থাউমৈস্তু
চুখৎকে লাক্লরি মৈচাক্লা ।।

(থাবল ফবা অহীং)

থাবল ফবা অহীংসিনা
    তুমহন্দরে ঐহাকপু ।
        উহনতা লৈরে মীংসিনা
            উগ্রবা শক্তম অ মা ॥

থাবল্লগী লৈনম্না
    পুক্লিংবু ককওাউনহল্লি
        পোগ্বাফম খঙহন্দে
            লাওতক্লবা ব্রাখলনা
                মঙোন্দস্থ থোক্লীদরা
                    ওমচাক্লবা মতৌসে ॥

কাউরুরবা ব্রারী বয়া
    অমুক নৌনা নীংশীংহল্লি
        মুংলুরবা শকফম অমা
            অমুক হন্না উরকলি
                ফোঙঙমদনা চংখিবদো
                    ঈকাই-মুংশি য়ান্নবা ॥

(অহীংগী তায়বঙ)

থবাম্মীচাক্কী ইন্নফী ঈন্দুনা
চঙলকলে ঈকায়থিবী অহীং লৈমা
থিরকলি মালেমদা অচীকপা লৈকোল
নুংশি-নুংওনগী লোইনাইদ্রবা রারী ॥

লোংগ্রব থাজগী মহুৎ-শীন্দুনা
তগুপ-তরেং থবান্না নোক্লরি
কনাগী থন্মোয়দা ফোংঙমদনা লৈরীবা
খঙলে মতাগুম লঙনরী মখোয়না ॥

অমম্বা থাগোন্নরীবা লৈকোলদা
ঙাইরম্বা থেংনরুরে শানৌ অমা
লাকনি হায়রব্রগা লাকখীদ্রবা মহাক্কো
থিরুগে মতাগুম চঙলকলি অহীংনা ॥

থবান্মীচাক্কী ইন্নফী ঈন্দুনা
চঙলকলে ঈকায়থিবী অহীং লৈমা
থিরকলি মালেমদা অচিকপা লৈকোল
নুংশি-নুংঙোনগী লোয়নাইদ্রবা রারী ॥

(খাঙঙমদ্রবা মৈশা)

কোকউ য়াদ্রবা মীনোক-মৈশা
খাঙলগে নোক্লা নঙগী ৱাখলদা
নঙতনা ওইরে ঐহাক্কী সংসার
লেল্লগে পুন্সি নঙগী আশাদা।

পুন্সিগী অঙনবা বসন্ত য়াওন্দা
থেঙনখি হু-পুবা লৌনম মীনোক্তো
বয়ারক কপচখি থম্মোয় শোক্লা
তাবীনবা কনাস্তু লৈতে খঙনা ॥

পুন্সিগী লম্বীসে পীরাংবা ঈথুমলে
কনাশু উদরে ঈনাকসিদা ঙসিদি
ঐতগী ইরাল্লা নঙবু পামজক্লবা
চংনবী পল্লোনবু লাল্লগে খল্লুবা ।

কোকউ য়াদ্রবা মীনোক-মৈশা
খাঙলগে নোক্লা নঙগী ৱাখলদা
নঙতনা ওইরে ঐহাক্কী সংসার
লেল্লগে পুন্সি নঙগী আশাদা ॥

(ৱাহুনতা লাক্লবা পুন্সিদা)

ঐগী পুন্সিগী মঙলান্দো
নখুৎমক্লা কায়হনবীরে ঙসিদি
করম্বা মপোক্কী লমননো
নঙনা ঐঙোন্দা শিংলরীবা ॥

ৱাহুমত লাক্লবা পুন্সিসিদা
করিগী অমুক ৱাহনগে খল্লীবা
থুংনররোই খঙলবা মরী'সে
ঙাইঙমদা করিগী থদৎপীরিবা ॥

চৈনীংবা কয়া চৈররো পেন্না
ইকায়বা কয়া নংহল্লো ঐবু
থম্মোয়নুংগী শেংলবা নুংশিবসে
মাঙহনবীনু তায়বঙদা হীংলিমখৈদি

ঐগী পুন্সিগী মঙলান্দো
নখুৎমক্লা কায়হনবীরে ঙসিদি
করম্বা মপোক্কী লমননো
নঙনা ঐঙোন্দা শিংলরীবা ॥

( পূন্সি পুন্সি !! )

নঙনা উরীবা অসিনি পুন্সি
করি অমুক ঙমখো হায়বগে
নুংশি লম্বীদা মায়থীরবা ঐবু
নুংঙাইনা লেল্লী হায়খোরা।

হংলনু মখাতানা ঐঙোন্দা
ঙম্নরোই পীবা ৱাহৈনা পাউখুম
লঙজরুবা ঈৱাললনা পুন্সিগী ওইরবা
কনাদা ৱাকংলুনি খঙবীয়ু হায়না॥

অহীং-নুংথিল করি খেন্নরি
নঙগীতনি খল্লীবা ৱাখলদি ঐনা
তুম্বা ফংদ্রবা অহীং কয়ানি
ৱাখলতনা ঙাউরবা নুংথিল কয়ানি॥

নঙনা উরীবা অসিনি পুন্সি
করি অমুক ঙমখো হায়বগে
নুংশি লম্বীদা মায়থীরবা ঐবু
নুংঙাইনা লেল্লী হায়খোরা॥

( ঐগী শৈরেং নুংশিগী শৈরোল )

নঙত লৈবীয়ু ঈনাক্তা ফমহুনা
শক্লগে ঈশৈ পুক্লীং পেন্না
শৈরেং কয়ানি নঙগীদমক লেংখ্রবা
শুর কয়ানি লোইবা নাইদ্রবা ।

ঈঙাগী নোঙহৌনি নঙগী শম্লাংনা
কোরৌনি থাজনি মীংস্না অনিনা
মম্নবা পুন্সিগী অহিং খুদিংদা
পুর্নিমা থাজনি নঙগী মায়থোঙনা ।

অনৌবা কয়া লৈতরে ফংনীংবা
ফংলবা কয়াস্সু ময়ায় চমথরে
থম্মোয়বু শুমহৎপী নঙতনা ওইখরে
নিংথীবা ফজবা ময়ায়কাবা পুস্বা ।

নঙত লৈবীয়ু ঈনাক্তা ফমহুনা
শক্লগে ঈশৈ পুক্লীং পেন্না
শৈরেং কয়ানি নঙগীদমক লেংখ্রবা
শুর কয়ানি লোইবা নাইদ্রবা ।

(নঙগী আশাদা)

নঙগী আশাদা হীংলম্বা পুন্সি
নঙগী মৈচাক্তা কেম্ননি ঙসি।
নীংবা কায়রবা আশানা হুন্দোক্লবা
থীজরি নঙতবু অরোয়বা মীংকুপতা

শক্তম কয়াসে নহাক্লা য়েক্লম্বা
লেপ্তুমা তেঙথারি নঙবু কৌহুনা
পুন্সি লৈকোলদা থারম্বা লৈরাং
লৈমায়দা কেল্লে লৈশাং তমত্রীগৈ।

লাইজ ঈরোম্নু গী থরাই লেমৈদি
করম্না হীংখিম্নি মৈশা থাঙহুমা।
নোংদোল লম্বীদা ঙাইরমখো ঐবুগু
ঙাক্লুগে রাশক অরোইবা মীংকুপ্তা।

নঙগী আশাদা হীংলম্বা পুন্সি
নঙগী মৈচাক্তা কেম্ননি ঙসি।
নীংবা কায়রবা আশানা হুন্দোক্লবা
থীজরি নঙতবু অরোয়বা মীংকুপতা।

( ইথন্নতা কপচবা )

অচীকপদা ফমন্থনা ঈথন্নতা কপচবা
মসিনা ওইরে ঐগীদি অপেনবা ॥

অমুকশু নোকই কপলম্বা তোক্কুনা
ঈতৌসে উরগা ঙাউরে হায়নরে ॥

হেৈনন্থনা লাকই হৌগ্রবা থৌদোকশিং
ঐগা কপমীন্নৈ অমুকশু নোকমীন্নৈ ॥

নুংঙাইনা হীংলিনি পুন্নমক কাউথোক্কুনা
মন্থতনি ঙমজদব ঙসি ফাউব ঐনা ॥

থাদোক্করোই হায়না ব্রাশক্লুখিবা
ঙাকলি ঙসিশু থশোয়সিনা কোন্দুনা ॥

অচীকপদা ফমন্থন্না ঈথন্নতা কপচবা
মসিনা ওইরে ঐগীদি অপেনবা ॥

( নঙগী ৱাহং )

নঙনা হংলীবা ৱাহংগী পাউখুমদি
মপোক লাংওন অমদা পীরগেকো
হন্দকী মপোক্কী খঙবীয়ু অরেম্বনি
ৱাজরবীনি খগ্না ৱারোৗবীনুকো ॥

অতিয়াগা মালেমগা উনরীবা মফমত্তুদা।
চৎলম্লগে ঐহাক্তি ঙাইরম্লগে নঙতবু
তাইবঙগী মীৱামৈশা তাদ্রবা লমদা
নহাকপু নীঙনা ঈরাংচরমগে ঐনা ॥

নুংশিববু পাপকী শক্তমনি খন্নরবা
অশেঙবা খংমোয়ম্বু মনতীক্লরবা
তম্নরোই করিগুম্বা লমদমসিদা
হাইনীংবা কোঙ্গাই ফোঙদোকচররোই॥

নঙনা হংলীবা ৱাহংগী পাউখুমদি
মপোক লাংওন অমদা পীরগেকো
হন্দকী মপোক্কী খঙবীয়ু অরেম্বনি
ৱাজরবীনি খন্না ৱারোৗবীনুকো ॥

( লাইথিবী )

কপকন্নু ঐগী লাইথিবী
অমত্তনি নঙ ঐ

নঙনা শাউরগা নুঙাইতে পুক্নীং
নঙনা কপ্লগা কপ্নীংই ঐশু
নুংঙাইনা থম্বীদে ব্রারৌবরা
লৈতদ্রুনা তৌবনি লাইরবী নতানা।
কপকন্নু ঐগী লাইথিবী ..

ঙরাং মঙলান্দা উরম্বী নঙবু
লুহোংঙবী শান্নবা কয়াদা নুংঙাইবা
ইতাদি চংশ্রনি অনৌবী ওইদ্রুনা
খল্লুবদা কপখি কয়ারক ঐনা॥
কপকন্নু ঐগী লাইথিবী ..

কপকন্নু ঐগী লাইথিবী
অমত্তনি নঙ ঐ

## ( হল্লকলোগবা )

হল্লকলোগবা থম্মোয়গী চান্নবা
থেঙজীল্লকলে নোঙজুগী অহিংসে।

থামম্বা অহিংসে থৱানস্থু উদরে
অকীবা নোঙহৌনা মায়কৈ শীনখরে
মুৎখরে মৈরাশু মালঙগী শাফুদা
তনীকলে থৱায় কৈদনো নঙবু॥

চোকথরে হকচাংসে নহাকপু ঙাইবদা
তীনখরে খোঞ্জেলস্থু নোঙখোং অসিদা
লাকলো লৈঙমদরেনে ঈথন্নতা
অকী-তুজুং অমম্বনা কুপখরে পুন্সি॥

হল্লকলোগবা থম্মোয়গী চান্নবা
থেঙজীল্লকলে নোঙজুগী অহিংসে।

(নঙ অমা নত্তনা ...    )

নঙ য়াংঙ্ত্রবা পুন্সিবু
কৌখিদরা পুন্সি
নঙ অমা নত্তনাদি
অরেস্বনি মালেম ॥

থাবল য়াউদ্রবা থাজবু
কৌনবরা হায়য়ূ থাজ
থবাই লৈত্রবা হকচাংবু
হায়নবরানে মীওইবা ।

থবাই হকচাং অনিগী
মরীতুনি মুংশিবা ।
থবাম্মীচাক্তি লীশিংনি
অমত্তনিনে থাজদি ॥

ঈরা ংকৈথেলদা হারীবা
শক্কী লাইখিবী কয়ানি
থম্মোয় পানবদি নঙতনি
থঞ্জরুবনি ঐনা ॥

(থম্বাল)

কোরৌগী চাম্নবী থম্বালও
নোংপোক চীঙ্খে ঙাল্লকলে
লৈরাং মীনোক তম্লোনে
তায়বঙ থম্বোয় শুমহৎলো ।

লাইবক কবীনি নঙদি
মপুগী খুয়া য়ৌরিবীনি
তেল্লবা তায়বঙ মপোকতা
নঙদি নিঙবা-খুঙজবীনি ॥

নঙগী নতৌ উবদা
তায়বঙ ঐনা কল্লকই
লৈখোমন্নুংদা হৌরবশু
মরাল লৈত্রবীনি নঙদি ॥

খাঙঙু থক্কী পুন্সিদা
নঙনা ইনোৎনি আশাগী
ঽারবা থম্মোয় কয়াগী
নঙনা পোথাফম ওইরি ।

(অঙনবা পুন্সি লৈকোলদা)

কপহল্লে নঙনা অঙনবা পুন্সিদা
নোকপাফাউ হৈত্রীঙৈ মপুঙফানা ।
শীন্থহল্লে পীরাং মীংলু অনিদা
য়েন্নীংথাফাউ লোইদ্রীঙৈ থম্মোয়নুংদা ॥

পুন্সিগী লমথুঙ ওইহৌরে কায়নবনা
মঙফাউনদ্রীঙৈ উনবগী মঙলাননা ।
কনাগী মরালনো পাঙ্গলশু থোক্তবা
চংখরে মহাক্তি খাঙ্গশু নঙহৌদা ॥

নহাক্কী লম্বীদা ঐবু লমজীংখিবা
লমথায় খঙদা ঐবু লম্মু ক্লহনবা
করম্বা ঐগী ঈরালনো ৱারৌখিবা
খাঙফমখঙদা থম্মোয়বু চাকহনবা ॥

কপহল্লে নঙনা অঙনবা পুন্সিদা
নোকপাফাউ হৈত্রীঙৈ মপুঙফানা ।
শীন্থহল্লে পীরাং মীংলু অনিদা
য়েন্নীংথাফাউ লোইদ্রীঙৈ থম্মোয়নুংদা ॥

( পাউথাংয়ৈগ্রবা নুংশিবা )

মচী-মচী খুদীংদা ঙাঙনখরে
নঙসে ঐগী ওইখ্রে হায়নখরে।
কনানা হায় কল্লকনা
কনানা হায় হরাউনা ॥

খঙহল্লোই তাহল্লোই হোংনরুবা
খঙখিবনা হানখরে ঙাঙনখরে ঙম্না
চঙলুরনু নৈকোলদা নথন্নতদি
নোক্ক-হৈবা লৈরাংশীংনা নোক্কখিনি ॥

চেফম লোংফমগু লৈররোই
পুল্লবনি ইবানী অহীংবা লঙলানা
মীগী মীরাদি চুমহল্লশি
থাদোকলো চীংনা রাখল ঙসি ॥

মচী-মচী খুদীংদা ঙাঙনখরে
নঙসে ঐগী ওইখ্রে হায়নখরে।
কনানা হায় কল্লকনা
কনানা হায় হরাউনা ॥

( ঐগী নুংশিবা : ঐগী মৈচাক )

ওইবীয়ু নঙনা ঐগী নুংশিবা
খঙবীয়ু মঙমা ঐগী মৈচাক
নত্রবস্থ পুন্সিগী অহিঙসীমতংগী
নত্রবস্থ অহিঙসিগী পুঙজাসিমাগী ।

চাক্লে ঙাউরে ঐদি খাঙফম খঙদরে
খঙোয়নুংগী লৈহী পাথোকদেরে
অহীঙসিদি ওমচায়রে থাবলসিদি ককঙাউনরে
কনানো নঙবু কনবীয়ু অমুক্তা ॥

মীংকুপসিদা চেনগে খমগনু ঈস্তোক্কুনা
তুখয়রক্কবা হকচাংসে কোনখংপীয়ুদা
লৈমায়দা ওন্নথোইনা খাঙবা তারবদি
অরেম্বা তারনি ময়ায়পুম্বা নহাগী ॥

ওইবীয়ু নঙনা ঐগী নুংশিবা
খঙবীয়ু নঙনা ঐগী মৈচাক
নত্রবস্থ পুন্সিগী অহিঙসীমতংগী
নত্রবস্থ অহিঙসিগী পুঙজাসিমাগী ॥

(লৈঙ্গ অমা (পারবা)

নঙ-ঐগী মরক্তা চীংলি লৈঙ্গ অমা
ঐনা কয়াদা খাঙঙমদনা লেপ্লীবা
নঙনা কয়াদা নীঙঙাইদনা লৈরীবা ।

ঈনকহেক নকুনা কয়াদা খাপ্লরীবা
নঙনা পারবা ফীজঙী ব্লাংমদা
কয়ি-থৌশাদ ফমলি মীংমাঙদা ।

মাঙদা মীংশেল খান্দুনা ফল্লি নঙনা
ময়াম্ন কারবা মায়থোঙদো য়েঙলহনা
করি খন্দুনা মীৎ-কুপ্তা য়েঙলিবা ।

চৎখিগনি নোংমদি অশুম্মক ঙাইঙমদনা
অনৌবা লংলেদা নঙ-মাউদ-ঈথন্নতা
করি খল্লীবা খঙহল্লমদা নঙোন্দা ॥

নঙ-ঐগী মরক্তা চীংলি লৈঙ্গ অমা
ঐনা কয়াদা খাঙঙমদনা লেপ্লীবা
নঙনা কয়াদা নীঙঙাইদনা লৈরীবা ॥

( ইনাকসিদা ফমখো )

করি খল্লীবা থাগ্না লেপ্তুনা
ঙাইহাক্কস্মু ঈনাক্তা ফমলোলাও,
ময়ায় কারবা ঙসি অহীঙসে
হয়াউ হয়াউ লেমমীমরসি।

নৌনা অমুক লাক্লরোইদবা অহীঙসে
পুন্সিচুপ্পা কাউঙমলরোই,
করিগী খঞ্জানরি হৌজিককাউ
নাপ্প-চিক্লা তম্লগে ঈপাও ॥

পারবা শয়াংগী নৈচৌল মরূমদা
নকশীন্না মিতাজগে মায়খোঙ থাজ
নাইতোম হৌখিবা তারবদি অহীঙসে
পুন্সিচুপ্পা নিঙমদনা নৈক্ষৈরনি ॥

( আশাগী আশা )

নঙ লাকলে আশা লাকলে
মাঙলুরবা হিংবগী ময়াই ফঙজরে ॥

পুবীরো ঐবু অনৌবা ল ীদা
লৈকোল কয়াগী উহল্লো ফজবা
নঙ লাকলে পুন্সি লাবলে ॥

থম্মোয়গী কাচীন্দা ফাউরক্লে মঙাল
লোত্তুমা লৈমীবা উজরে মঙতবু
নঙ লাকলে মঙাল ফাউরে ॥

ঙাইবগী কুমজা হৌখরে ঙসি
মহৈ য়াল্লে খাঙজরকপা ৱানা
নঙ লাকলে থৱায় লাকলে ।

নঙ লাকলে আশা লাকলে
মাঙলুরবা হিংবগী ময়াই ফঙজরে ॥

( ঐনা নঙগীদমক ঙমজবা )

ঐনা কপলি নঙনা নোক্লবা
ঐনা চংলি নঙনা লৈহৌনবা
লৈহৌবা নঙগীনি ফজরবা মালেম
চংলবা ঐগীদি থনম্লবনি লোইনা ॥

মোংফমথকী ফুরাদা ঈশ্লগে
নঙগীদমকনি চংলিবাসে ঐনা
থাদোকলে ঙসিদি আশাগী মংলান
হেনগংনবা ফজবা নহাকী মঙলান ॥

শক্লমলগে ইশৈসিমতং তোয়না
নাকেন্থাগী কংলবা উনাগী তাম্থাদা
কপ্নবদি নত্তে শক্লিবা ইশৈসে
অরোয়বা খোঙ্লোকনি কংথোক্লবা ঐগী ॥

ঐনা কপলি নঙনা নোক্লবা
ঐনা চংলি নঙনা লৈহৌনবা
লৈহৌবা নঙগীনি ফজরবা মালেম
চংলবা ঐগীদি থনম্লবনি লোইনা ॥

( নোংমত্তংদি )

নোংমতংদি 'লাকউমে ঈনাক্তা
করম লেল্লি য়েংলখো অমুক্তা
নুংঙাইরীদনা নঙদি ৱাদেদনা
নুংঙাইবগী ৱারিহু তম্নখো ঐঙোন্দা।

নঙগী নুংঙাইবদা নুংঙাইজগে
নঙগী য়াইফবদা পেনজগেনে
নঙমা ঈন্থোকপীরম্বা নুমিত্তগী
কৱি ওইহৌরবা য়েংলখো।

ঐগী ইতৌসিদা নোঙ্‌ৗংগনিকো
অমুক্তং লাক্তুনা নোঙ্খোলাও
নঙগী মীনোক্তুদা পেঞ্জগেনে
নোকপা কাউরবা চিনবালনা নোকচগে।

নোংমতংদি লাকউনে ঈনাক্তা
করম লেল্লি য়েংলখো অমুক্তা
নুংঙাইরীদনা নঙদি ৱাদেদনা
নুংঙাইবগী ৱারিহু তম্নখো ঐঙোন্দা।

(ঐতগী ইরাললা)

ঐঙোন্দতা করিগী ইরালশিবীয়ীবা
পুকচেল হোংলগা অচুম্বা শক্লীবরা ॥

ৱাহৈ অমত্তংগীস্থ ইকায়বা পীবিরিবা
ৱাহৈদো কয়াদা ৱানা হায়জখিবা ঐনা ।
মরু ফুক্লবা পামেলনি খঙনা খঙনা
করিগী ঐবু ঈস্থ্বীগে হোৎনবীরিবা ॥

হায়নীংবা কোঙ্গায়স্থ হায়ররোই নঙোন্দা
ঈরালনি খঞ্জরগে নুংশিরুব ঐতনা
উজনীংবা শক্তমদো য়েংজহৌগে অমুক্তংদা
মত্থতংগী ইরালদি ঙাকপীরোইদ্রা নঙনা ॥

ঐঙোন্দতা করিগী ইরাল শিবীরীবা
পুকচেল হোংলগা অচুম্বা শক্লীবরা ॥

( লাপথোকখিবা )

হংলদরে ঙসিদি ঐগী অরা নুংঙাই
নোক্লগে লেপ্লবরা ঐগী পনছিরমদাই ॥

নখুৎমক্লা শাগংলম্বা আশাগী দলান
করিগী তাহল্লিবা অরেম্বা মঙলান ।

পীরাং শীন্থবশু য়েংঙমদে হায়বদাই
করিগী কপহল্লীবা পীবিত্তুনা বিদাই ॥

উত্রগা ঙম্লবা অত্থক লায়না কাওথোকপা
করিগী হায়রম্লি ঙাইরমখো লাক্ত্রীফাউবা ।

কেম্লনি পুন্সিদি নঙমা য়োৌরক্ত্রীগৈ
মৈরী থোক্লনি মৈচাকস্রে খঙবীদ্রীগৈ ॥

হংলদরে ঙসিদি ঐগী অরা নুংঙাই
নোক্লগে লেপ্লবরা ঐগী পনছিরমদাই ॥

( ঈঙা-ইঙেন য়েন্নীংথাগী )

মীংলুদা করিগী ঈঙা-ইঙেল
থম্মোয়দদি লোইদরি য়েন্নীংথা ।

অহীংসিনা লোয়খ্রগা পীরাংশু লেপখ্রনি
নোংদোন্দা কুপলম্না নোঙগী মপৈ লোইনা মাংখ্রনি
মুংশিপন্থুং য়োঁঙমদনা মাঙবা তারবা
খাঙঙথকী মপোক অসিমু লোইখ্রগনি ॥

চঙজফম লৈত্রবা চোংলবা হকচাং
অঙৈংবসু ফাউদরে নোংজুগী অহীং
পীরাংগা তীন্নখরে নোংলীক মীৎকুপ্তা
থম্মোয়গী মৈশাদি অহোয়ননা হেনগংলে ।

মীৎলুদা করিগী ঈঙা-ইঙেল
থম্মোয়দদি লোয়দরি য়েন্নীংথা ।

(অরোইবা ওইনা)

হীংহৌরি হায়না তম্বীয়ু
হীংবগী আশা থাদোক্ত্রি
অরোয়ব ওইনা অমুক্তং
উজগে তম্বীয়ু মহাকপু ॥

মৈরীতবু পামজব মৈরানবী
মৈরীদা চাকথেক্লগা লোইরবা
অচাকপা মৈরিতুগী মৈখুরক্তা'
তীঞ্জখিগে অপাম নুংশি রাথল ॥

শুক্লা মম্লবা অহীং কয়াদা
লাম্মৈ থানবী ওনতুনা থরায়না
লমজীং থাউমৈ ওইজগে
লম্মুক্লবা থোক্লবা করিগুম্বদা ॥

শাংলবা কুমজা কয়া ঙাইরক্রে
ইরাল অমত্তং কোকপীনবা
মীংকুপ মীংকুপ্পা যুগ ওইরবা
থাঙহৌরি তম্বীয়ু রানা রানা ॥

(পামজবা)

পামজদে ঐদি মুংশি ব্রাইদো
মীহৌদে ঐদি মুংশি খুদোল
অহিঙসিনা লোয়দ্রীগৈ
ঈশৈসিনা লেপত্রীগৈ
জগোয়শিনা খমদ্রীগৈ
"কীশ মী" "কীশ মী" ।

থাদোকউ ঈকাই ইকী ব্রাখলদো
লঙথোকখো অফ-ফত্তগী চয়েৎনবা
কনানা খঙগনি হয়েঙগী ভুংগীব্রা
ঙসিসিনা ঐখোয়গীনি অরেম্বদা মাংহনগনু।

উদরা মুংশি মুংশিরবা থাউমৈগী মৈঙালদা
ঙাউনরবা নহাশিংগী অপাম্বা
ঐবুম্ব পেলহল্লু, নঙবুম্ব পেলহনগে
শিখিদোবা থরায়নি অরেম্বদা মাংহনগনু ॥

(চিনবালদতা নুংশি নুংশি শোনবা)

নুংশি নুংশি হায়হুনা
মীংচৎ থিহললনু নুংশিবা
থম্মোয় থম্মোয় শোন্দুনা
মমল হোঙহল্লনু থম্মোয়বু
নুংশিবা হায়হুদি থম্মোয়গী কাচিন্দা
লোংশিন্দুনা থম্নীবা শক্তমনি উব ফংদ্রবা।
অপাম্ববু নুংশিবনি হায়রীবদো
মীৎকুপ্তগী পামজবনি খঙবীয়ুকো
থাজনীংঙাই নৈত্রে থম্মোয়
ঋারে-চাকলে হায়বীরনু
নুংশিব হায়হুদি...............॥
অপাম্বদা ঙাউনরীব থম্মোয়দো
অরেপ্প নৈতবনি থাজবীয়ুকো
পেম্বোকপবু পাম্নবদি পুন্সিসিন্নু
মীৎকুপ্তগীনি খন্দোকউ
নুংশিব হায়হুদি...... ॥
নুংশি নুংশি হায়হুনা
মীংচৎ থিহললনু নুংশিবা
থম্মোয় থম্মোয় শোন্দুনা
মমল হোঙহল্লনু থম্মোয়বু

(হৗংব তম্বীয়ু)

হীংব তম্বীয়ূ নঙনা অ্যশা ঈনোং হপ্তুনা
পুন্সি নোঙৈলদা মুংখিদৌরে, নঙনা চুখংলম্বা মৈরাসে।

হরাউ-নুংঙায় শান্নরীবা মীয়ামমরক্তা লৈরবশু
নুংঙায় মশক খঙদ্রবা নাইতোম তার' ঐনি
পুন্সি লম্বেলদা চোকথরে থাংব ঙমদরে ঈখোঙসে ॥

নঙগী রাহে কয়ানা নঙগী নুংশি মীংয়েঙদা
তপ্পা তপ্পা হীংগংহল্লু রানা খাংলবা মপোকসে
য়াক্লা কোরৌগী মৈশাদা পথরে ঈখৌ লাংল থম্মোয় ।।

হীংব তম্বীয়ু নঙনা আশা ঈনাং হাপ্তুনা
পুন্সি নোঙৈলদা মুংখিদৌরে, নঙনা চুখংলম্বা মৈরাসে।

(স্ব´গগী নুংঙাইবা)

হায়ররোই ঐদি অতৈ লৈরী
স্ব´গগী নুংঙায়ব…… ….
থল্লরোই রাখলশু হয়েঙ কনাগী
কাউথোক্লগে ঙরাং ।

খুত্তা লিক্লী মাঙদা শৈরেঙ
ঈতম্বাক্তা নিঙথীবী…. —
ঙাঙল' চিনবালদা মোমোন মীনোক
উইথরবা মিংশ্মা অনি ॥

থঙহোৈরো চান্নবী পুন্সি করিনো
মহোৈশা অরোনবা … …
অথাকপা নায়দা অরোংপা থমদা
তালহৌরো অপেনবা ॥

ঐদি ওকতরি থম্মোয় পেন্দরি
শকখিনি ঈশৈ, ঐগী খোম্থোক্তা
নঙগী শৈরেঙ থম্মোয়গী ইহুন্দা ॥

(ৱাহংদুগী পাউখুম)

কনাদা শীন্নরম্লে নঙগী ৱাহঙ
পীরগে খন্দুনা লাল্লবনি পাউখুম ।
করন্না চংলশিগে নঙবু উদনা
ফোঙহৌদ্ৰবা থম্মোয় অসে পুত্নুনা ॥

কয়ারক হংখীবা নঙগী ৱাহঙদা
চীনবাল থোক্না পাউখুমখীদ্রবা
মীংকুপত্নু'মতং কাউঙমদনা লাকপনি
ঐহাকপু খঙঙমদনা চংখরে নহাক্তি ॥

নিঙমদনা হৌত্রবা অত্নুগী মৈচাক্লা
পুরকপনি ঐহাকপু অশুক থাপনা
হায়নীংবা কয়া অত্নুগী মহুত্তা
কনা খঙদা শীন্থরমলগে পীরাং ॥

## (ময়াই কারব অহীং)

তাঙনা লাকলে অহীংসে ময়াই কারবা
উনরীবা নঙ-ঐ অপান্বনা লাঙতক্করে
থম্মোয়বু ঙাউহনব কনাগী খোঙ্জেলনা
কাওথোকহল্লে পুন্সিবু মীংকুপসিদা ।।

শুমহৎয়াই শকফম্না ঈমাঙমক্তুদা
মচু-শঙল মৈঙালগী ঈপোমদা তাউরীবা
শৈরোল কয়া লোন্থোক্লনা শক্লীবা
ঐ-নঙগী থম্মোয় কনানস্থু খঙঙমলোই ।।

লায়বক ফরবা মীংকুপসিদি ইবানীগীনি
শকখঙদ্রীবা পুক্নীং ইহুল লেপ্তুরি ।
হোরেল হয়েঙ কনামগী লায়বক্তা
খঞ্জনীংদে রাখল ময়াই চন্নবা অহীংগী ।।

(ননাক্ল...... )

নঙগী নাক্তা ফম্না ফম্না
নুংশি ব্রারী শানা শানা
লোম্নগে পুন্সি কনা খঙদা ।
অরে৲নি খঙলে নুংশি মীনোক
চিনবালগী ব্রাহৈ মীৎকুপকী লৈতেঙ
কায়গনবনি খঙনা হুন্দোক্লব থম্মোয়
নোক্লগে খদুনা থৌরম্বরা পুক্লিং ॥
মৈচাক ফংলব থম্মোয় লৈকংলা
অমোবা মীরেনবু পামলুব লৈতরে
মীৎকুপসীমক্তং লেল্লগা ননাকসিদা
অরোইবনি খঙবীয়ু মপোকসি'মগী ॥
নঙগী নাক্তা ফম্না ফম্না
নুংশি ব্রারী শানা শান্না
লোম্নগে পুন্সি কনা খঙদা ।

(মৈশা; মৈচাক)

কোরৌগী মঙালনি মৈশা য়াউরীবা
তাইবঙ মালেমনি মৈশা ফাউরীবা
নহাকী মীংয়েঙনি মৈরী থোক্লীবা
ঐতগী থম্মোয়নি মৈচাক খাংলীবা ।।

সুঙগী মুর্ত্তিদবু থম্মোয় পানবরা
চেগী গুলাবর্তস্থু লৈনম চেনবরা
মীংলু লাইজনা কয়ারক চামথুমা
মুংলয়োই মৈচাক্তি থম্মোয় লৈকংলা

থম্মোয়নুংগী য়াকং তাবীদ্রবস্থু নঙনা
ইয়াল লঙজবত তাহৌরে ঐহাক্না
ছন্দোক্লুনা ঐবু তামগ্রবস্থু নঙনা
নকশিনখরে লকানুংগী মীংশেলদা ।

কোরৌগী মঙালনি মৈশা য়াওরীবা
তাইবঙ মালেমনি মৈশা ফাউরীবা
নহাকী মীংয়েঙনি মৈরি থোক্লীবা
ঐতগী থম্মোয়নি মৈচাক খাংলীবা ।।

( নীজবসে ফংগদরা )

নীজখি নঙতবু তায়বঙ মপুদা
নীজবমখৈ থুংহনলি হায়বা তারুবনা ।
সনা-লুপা লন-থুম নত্তে পামজখিবা
নঙতবু নীজখি লায়ররবা ঐহাক্কা ।

নঙগী নুংশিবা ঐহাকীদি থল্লায়নি
হায়ফম্বু খঙদে থল্লায়দগীগু হেনবনি
লীক্লিগুম কায়গনব ন নুংশি শক্লোন
কাইখিদরা কীবনা ঈখুৎনফাউ শোকচদে

নীজক্লবা বড় তম্লমলবা লাইবক্তা
থাদোক্লবা নৈত হীংশিকো তায়বঙদা
নঙনা করিবু নীখিবা তাইবঙ মপুদা
অঙাউবা তারদরা নীজখিবা ইথত্তনা ॥

নীজখি নঙতবু তায়বঙ মপুদা
নীজবমখৈ থুংহনলি হায়বা তারুবনা ।
সনা-লুপা লন-থুম নত্তে পামজখিবা
নঙতবু নীজখি লায়ররবা ঐহাক্কা ।

( নাৱাপুন্সীগী নুংঙাইবদো)

সনা লুপাগা শীন্নশি
মীংচংশু লৌগে লৌরো
নাৱা পুন্সীগী নুংঙাইবদো
চন্নবা থম্মোয়গী নুংশিবদো
ফঙহল্লুনে অমুক্ত ॥

নোংজুগী ঈমায়-চোল্ল' চুরীদা
চেগী হীনাউ তাউথহন্দুনা শান্নবা
হনুবা-হনুবী তাউথরো লাউহ্নুনা
কুমগী নোংবু হরাউনা ওবচবা
ফঙহল্লুনে অমুক্ত ॥

তোর্ব্বানগী লৈঙোয়থক্তা ফমহুনা
পামজবা ফুরা লৈঙোইগী শাখিবা
অহাঙবা মালঙদা তেলঙ্গা পাইহুনা
অহুৈঙে নোংদোন্দা ঈপাউবু চেনখিবা
ফঙহল্লুনে অমুক্ত ॥

সনা লুপাগা শীন্নশি
মীংচংশু লৌগে লৌরো
নাৱা পুন্সিগী নুংঙাইবদো
চন্নবা থম্মোয়গী নুংশিবদো
ফঙহল্লুনে অমুক্ত ।

( হোংখ্রবদা পুকচেলদো )

থরাইনি খঞ্জরুবা মহাক্রা
লমলানবা কনাগুম য়েঙলমমী
হংগে খন্না হংবঙমহৌদে
খঙনদবগুম চংখি কৌরমদনা ॥

অশুন্না হোংখিদৌ লৈরদি পুকচেল
খশোয়বু করিগী খুঠুম চল্লম্বা
অশুন্না কপহনগে খল্লবদি নঙনা
নুংশি মীনোক করিগী তন্থীরম্বা ॥

ঙরাংত অমত্তা ওইনা তীন্নরম্বা
ঙসিদি করম্না ওনখিবা লমলানবা
হৌখি' পুম্বা কাওহনবা ঙম্বা
খুথীবা চৈনা করম্বা নংলবা ।

থরাইনি খঞ্জরুবা মহাকনা
লমলানবা কনাগুম য়েঙলমমী
হংগে খন্না হংবঙমহৌদে
খঙনদবগুম চংখি কৌরমদনা ॥

( নুংশি তাইবঙগী লম্বেলদা')

তপ্না থাংউনে খোঙথাংদো চান্নবী
তেনগ্রবা লম্বীনি নুংশি তাইবঙগী।
ফংঙমদনা ফংলবা খোঙচংনি চান্নবী
ঙাইহাক পোথাশি উরুমদা থম্মোয়গী ॥

চোংলে চোংমিন্নশি নোংজুগী মোংলীক্তা
মৈশাঙ খাঙমিন্নশি কালেন্থাগী শারবা
খাদোকপা নায়দা পাঙ্গৈয়ুনে ঈখুংসে
লানমীন্নশি ইবানি অঙম্বা চীংজাউংসে ॥

খোঙথাং মান্নবী' মখৈ নৈরোই চোকথবা
পুকচেল হোংদ্রীমখৈ কীদে কনা
পুন্সিদি খঙলে অৱাবগী ঈশৈনি
মান্নবা শুরদা শক্তুনা য়েংলশি ইবানি।

তপ্না থাংউনে খোঙথাংদো চান্নবী
তেনগ্রবা লম্বীনি নুংশি তাইবঙগী।
ফংঙমদনা ফংলবা খোঙচংনি চান্নবী
ঙাইহাক পোথাশি উরুমদা থম্মোয়গী ॥

( নুংশি চিঠি )

নঙনা ইরকপা নুংশি চিঠি
নঙমকনি ময়াইকল্লবা, নত্তে চিঠি ।
ফাউরি লৈনম পরেং খুদীংগী
ইরকপরা খঙদে কালীনা থাবল্লেগী ।

ঐগী নাকোংদা শোম্থাননা তম্নরি
তাজনীংবা ৱাহৈদো ঐবু নুংশি
থৱায় পাল্লে নঙগী ময়েকশিং
চিনবালনা শোকপদা মৈশা ফাউরি ।

তুমহন্দে মানা অহীং কয়াস্থু
মোল্লাংথাদা লোত্তুনা মানা লৈরবস্থু ।
ৱারী শাই মাগা মীংশেং খাঙহনা
তুমথগে হোংনৈ মাতবু থাগোন্দুনা ।।

নঙনা ঈরকপা নুংশি চিঠি
নঙমকনি ময়াইকল্লবা, নত্তে চিঠি ।
ফাউরি লৈনম পরেং খুদীংগী
ইরকপরা খঙদে কালীনা থাবল্লেগী ।

(ঈয়ায়দা লম্যুম্নরবা)

তোর্বান ব্রাংমদা ঐগী চান্নথোইবী
তোর্বান সোমদনা নুংশিরবা মীয়াম
খঙদে কদোমদনো হোনগদবা হীসে
ঈয়ায়দা লেপ্লী পুন্সিগী হীসে॥

খম্মোয়নদি লাক্লীংই নঙগী ননাক্তা
নঙবু কননগে মখল্লি থব্রায়সিনা।
ঈস্থোকপীরনি ঐবু মীয়াম্না শোয়দনা
শিগ্রবনি হায়রনি হীংনা হীংনা॥

নঙবু থাদোক্লুনা চৎলবশু মীয়ামনাক্তা
থব্রায়সিদি লৈহৌরনি ককঙাউননা ননাক্তা
মীয়ামগী অনীংবা থুংনবা চৎপদা
চান্নবী নঙদি লুপথ্রনি ঈরোম্নুংদা॥

তোর্বান ব্রাংমদা ঐগী চান্নথোইবী
তোর্বান সোমদনা নুংশিরবা মীয়াম
খঙদে কদোমদনো হোনগদবা হীসে
ঈয়ায়দা লেপ্লী পুন্সিগী হীসে॥

( খম্বন মৈশা )

কনা অমগী নাক্তা নওনা লেপ্পদা
খওদে করিগী ঐনা অশুক খাংওমদবা
মহাক্কী লায়বকসে কয়াদা কল্লকচবা
মুনশ্রবোই খল্লী ঐহাক্কী ইরাইবক ॥

করিদি কান্নবা ফংগনি নুংশিবদা
অন্না মৈচাক নত্তনা' মীংচৎথীবা নত্তনা ।
মীংঙাই চাউবা ঐহাক্কী পুক্লিংদা
খওদে করিগী মৈচাকতুবু পামলুবা ॥

নোকমীবা চীনবালনা করিনো হায়বদা
শুমহৎশ্রবোই চীংনৈ লমলানবা থমোয়দা
ওন্নবদি থম্নগে খল্লি নওতবু
য়োৎকী উপুদা থমোয় শোবু লোন্দ্রনা ॥

কনা অমগী নাক্তা নওনা লেপ্পদা
খওদে করিগী ঐনা অশুক খাংওমদবা
মহাক্কী লায়বক্তো কয়াদা কল্লকচবা
মুনশ্রবোই খল্লী ঐহাক্কী ইরাইবক ॥

( তুম্নীংদ্রবা অহীঙ )

তুম্নরীনি নঙদি অহীঙসে নীঙায়দনা।
ঐবুদি করিগী তুমহদ্রীবা ৱাখলনা।

কৈদৌঙৈ অমুক উনবা ফংগবা
লৈকোলসিদা ককঙাউননা ঙাইখোরা॥
হল্লক্লরোই খল্লবরা হৌগ্রবা পুন্সিদো
থাজমাদি থোরক্লি হান্নগুম ঙসিন্থু॥

মালেম পুম্বা তুমখুম হুনখ্রমালে
থাজনা নোক্লরি ইতৌবু উরগা
তুম্নরোই ঐদি অহীংচুপ্পা ঙসিদি
নঙগী মঙলান্দা ঙাউহনা চংলম্মি।

তুম্নরীনী নঙদি অহীঙসে নীঙায়দনা
ঐবুদি করিগী তুমহন্দ্রী ৱাখলনা॥

ঙ াউরে হায়নরে ।

মীনদি ঙাউরে হায়্নৈ ঐহাকসে
ঙাউবা নত্তে নুংশিরুবনি নহাক্তবু
কল্লক্কুনা হায়বনি লঙনবনি ঐবু
নঙনা য়ারীথৈদা তাবীরোই করিস্সু ॥

মখোয়' ঈমুঙগী থবক ইমখাং
অচোপ অরেম খঙদনা নোমজগে
নঙনবু হায়রবদি লোয়রে ঐগীদি
'সিবু ঙাউরে হায়গদরা নুংশিবা নত্তরা ?

শীঙবু খাইয়ু মখাইনি ঐনা
ফৌবু শু হরাউনা শুদোক্কনি ঐনা
রার'শু রাবীরোই নুংশি-নমাঙদা
'সিবু ঙাউরে হায়গদরা নুংশিবা নত্তয়া ?

মীনদি ঙাউরে হায়্নৈ ঐহাকসে
ঙাউবা নত্তে নুংশিরুবনি নহাক্তবু
কল্লক্কুনা হায়বনি লঙনবনি ঐবু
নঙনা য়ারীথৈদা তাবীরোই করিস্সু।

(ফোঙঙমদবা মৈচাক )

লমলানবা কনা'মগা চংখিবদা নঙনা
পুঙমদবা চৈনা অমা খাঙহৌরে ব্রানা ।।

ঐগীনি খঞ্জবা নঙনা মীগী ওইখিবা
লমলানবা ওইহৌরে ঐদি নঙগী নফমদা
থম্মোয়'সিবু শান্নপোৎকুম শান্নরম্বা
কাউরগে খল্লগা হেন্নহুম নীংশিংলে ॥

পেন্দবা চান্মা ফুমজীনলগে লকানুংদা
শান্নরখো লাকখো পেন্দ্রীফাউ থম্মোয়দা
তীংখঙবু কীহুনা চেঞ্জরম্বা ঐহাকসে
লৈরাংদগী চৈনাহুনা ফংহৌরে ।।

লমলানবা কনা'মগা চংখিবদা নঙনা
পুঙমদবা চৈনা খাঙহৌরে ব্রানা

(পুক্লিং ৱারকচবা)

ঐদি কপ্লরোই অমুক ৱাররোই
কপমন্দুনা কংখরে পীরাং
ৱামন্দুনা হৈনরে অৱাব ।।

লাইজনুংগী লেৈমলনা ঈরোন্নুংদা হীংবগুম
অৱাবত নংবনা হৈনরে ৱাবসে ।
কেনগনি খঙনা শীঙ্গারৈনা শাৎপগুম
কায়নতুক্তন লাকপনা কায়নবগীস্থ ৱাদের ।।

নমথাকলৈকয়া থেংনখ্রে ৱাশকশু কায়খরে
ৱারোৈবশু হৈতরে ৱারোৈফমস্থ খঙদরে ।
ওইজথীবা তায়বঙনা কান্নবত থীবগুম
অৱাবদা নোক্ল হীংব তমহোৈরে ঙসিদ্দি ।।

ঐদি কপ্লরোই অমুক ৱাররোই
কপমন্দুনা কংখরে পীরাং
ৱামন্দুনা হৈনরে অৱাব ।।

( হোংলরোই )

কপ্প য়াদে নোকউ হায়রম্মী নঙনা
ঐহাক নোকলি কপ্পগী মহুৎ নোকলি
শীন্থরন্নু য়াদে মীৎলু পিরাংদি অহুবু
নঙনা হায়খিবদা পল্লমদ্রে মীৎলু পিরাংদি ॥

ঈশৈ কয়া শকলি হরাউ নুংঙায়বগী
নঙনা তারগা কপতে হায়বা খঙনবা
কপচবা ফাউ' ঙমদ্রবা চৈনা খাঙবদা
ঐশু নোকনি ইথন্তগী উপায়লৈত্রে' ইতৌদা ।

চৎনবী পল্লোন্না খাগ্রবী মীগী ওইগ্রবী
অব্রাব খঙদা নুংঙায়না লেল্লু পুন্সি
নঙগী মীনোক য়েংলগা হীংব তমজগে
কপ্প নত্তে শিন্থরীব পিরাং নুংশিবনি নুংশিব ।

কপ্প য়াদে নোকউ হায়রম্মী নঙনা
ঐহাক নোকলি কপ্পগী মহুৎ নোকলি
শীন্থরন্নু য়াদে মীৎলু পিরাংদি অহুবু
নঙনা হায়খিবদা পল্লমদ্রে মীৎলু পিরাংদি ।

( মপোক অমগী )

মপোক অমগী শকথ্রবা ম্না শকলা
মঙলান অমগী উথ্রবা মীরেললা
থগ্নোয়বু লায়না খুহুম চনবদি
কাউঙমদা মৈরীনা লকানু দা চুবদি ॥

ঈশৈসিনা মীংকুপ্তুংগী ওইরমদ্রবা
কয়াদা পেন্না হীংলমগবা ননাকসিদা
রীবা ঙসিগী তাংলবা মীকুপসে
য়ুগ কয়া ঙাইরকপগী মহৈরা ॥

য়েঙহনতা লৈনীংবা মীস্না অনীনা
করম্বা শুমহৎয়াই পুরীবা নঙনা
ফজবগী পুজারী লুংশিবগী ভিক্ষারী
লোমজনীংলে পুন্সিসে ননাক্তা অশুম ।

(খুদোংথীরবা লম্বীদা)

লম্বীসিদা চংকে খল্লুনু ঙসিদি
লৈরাং নত্তে তীখ্নং তুম্বৌনি ।
কায়গনি থম্মোয় কেমগনি পুন্সি
চংলুবদা অমুক্তং লৈররোই হন্দোকফম

পুক্লিংহুনা চেল্লীবা ঈচেলসে
তুরেল নত্তে পীরাংগী ঈপাকনি।
থরায়- হুকচাং অনী শুমহৎলীবসে
নংতে ঈশৈ কপ্পগী খোঞ্জেলনি ॥

নুংঙায়নি খন্না চংলুবা ঙাক্তনি
খাম্বা কয়াশু তারমদনা চংখিবনি
য়েঙনীংই হায়গনু ওইদবা শক্তমসে
মায়ামরিচীকা মীহৌরুনু ॥

চংকে খল্লুনু ঙসিদি
লৈরাং নংতে তীখ্নং তুম্বৌনি ।
কায়গনি থম্মোয় কেমগনি পুন্সি
চংলুবদা অমুক্তং লৈরম্বোই হন্দোকফম ॥

(পুন্সিগী মহাও)

মহাও ম্রাউদ্রবা ঐগী পুন্সিসিদা
নঙতনা খঙহল্লে অনৌবা মহাও
মুৎলুরবা ঐগী আশাগী থাউমৈ
থাজরুদ্রবা নখুংনা চুখংপীরে অমুক ॥

হায়গে হায়রজসন্ন ঙাউরবনি হায়না
ঙাউদনা লৈবা পুন্সিদো পামজদরে
নঙগী নুংশিবা শেঙলবা থম্মোয়দুগী
মহৈরা মপোক কয়া নীংজরকপগী ॥

চোয়র-শন্নাংদুগী মরুম থুপ্তুনা
অরা মৈশাদি কোকচরগে থমোয়গী
নঙগী নুংশি মীৎয়েঙদা তাউদুনা
হীংহনবীরো ঐবু অনৌব, মপোক্তা ।

মহাও ম্রাউদ্রবা ঐগী পুন্সিসিদা
নঙতনা খঙহল্লে অনৌবা মহাও
মুৎলুরবা ঐগী আশাগী থাউমৈ
থাজরুদ্রবা নখুংনা চুখংপীরে অমুক ॥

(তাজনীংবা বাহৈদো)

ঐবু নুংশি হায়য়ু অমুক্তা
মাপ্পগী খোৌরাংবা কোকহল্লু অমুক্তা
তাইবঙ কনানা তাখি-উখিদনবা
অচীকপদা ঙায়রী হায়রোলাও লোম্না ॥

ম্মেন্নীংথাস্থ হৌখরে করীস্থ খঙবীদনা
নোংজুথাস্থ লেনখি পীরাং শীস্থহুনা
শরতকী থাবলসে. হৈনম লৈনমসে
নঙতবু কৌরীয়ে ইতেংবু পাঙলীয়ে ॥

কুইরেদা থম্মোয় হাঙহনা লৈরীবা
থলহল্লো ঙসিদি নুংশিগী লৈহীনা
ঙম্লবদি হায়য়ুনে কয়ারক হন্না
মহুতনি তানিংবা মহুতনি ঙাইজবা ॥

ঐবু নুংশি হায়য়ু অমুক্তা
নাপ্পগী খোৌরাংবা কোকহল্লু অমুক্তা
তাইবঙ কনানা তাখি-উখিদনবা
অচীকপদা ঙায়রী হায়রোলাও লোম্না ॥

(নুপীগী বাব)

কঙ্গতনা পুন্সিনি থম্মোয়শোক্লা কপ্পু
শীন্থহল্লু পিয়াং খোৌরাংবকোক্লবা মখোয়গী।

নুপীগী পিয়াং তৈথোক্নি কনানা
নুপীগী মৈচাক কোকহৎনগনি কনানা
উবরা হায়য়ু হায়য়ূনে খঙবয়া
কনাগীদমক য়ারীবা কনানবু কপনহনবা।

নোক্লবীবত মথংলবী নৈহংপীবত মথাংলবী
মিন্নুংশিগী মীৎয়েং অমত্তং ঙায়বদা কেম্নবীনি।
শায়পোংকুম হুন্দোকপীয়বী মখোয়তনা
পোকলিবনি য়োক্লিবনি নখোয়বু খঙদবরা!

কখোকপতনা, মপুক্সিকাউ মশাগী ওইঙবত্রবী
অয়াবা খাংবদা য়াই হায়বন্থু কাউপ্রবীনি।
কনাগীনা মমা, কনাগীনা মচল মচে ওই
খাংব মথৈ খাংলগা পুন্সি কয়া কেম্নদরা।

(থবাইগী লমথুঙ)

থবাই চেক্লা নঙবু পাইরগেরা
নমুম নত্তে থঙলবরা তায়বঙপান
ঙাইহাক্কুং চাক্তাক্ষম থিরম্বনি নঙনা
হকচাং পোম্মূংদা পোত্থারম্বনি মীংকুপ্তুং

লাইরমলেনগী লৈকোলতম্না পাইরগা
লোইনায়দ্রবা শান্তিগী আম্বত থক্রুরগেরা
তায়বঙগী কল্লকমীহৌ থাদোক্তুনা
নুংশিবগী মেঙল ইপোমদা তাওরুরগেরা ?

থবাই চেক্লা নঙনা মক্ষমদো য়ৌরগা
থঙদে ওক্লমদরা নঙবু তরাম্না
চঙহন্দবা থোক্লবা করিগুম্বা নঙবু
চীংনদনা হল্লকথো মালেম লৈকোইপুং ॥

(চৎ.লমদাইদা )

মীরমদা নঙনা চৎখিবদা নুংশিবা
নিংশিংবিয়ু লৈহৌরি হায়না ৱাজরবী অমা
কাউখিনু মৈশা লাংলবী কনাগুম্বী অমা
ইরমসিদা হীংহৌরি নঙতবু ঙায়হুনা ॥

নঙগী নুংঙায়বত য়াইকবত খন্দুনা
লেলহৌরি মীনোক মৈশা খাংহুনা
হৌখিবা পুন্সিগী নীংশিং ৱাখলনা
শোল্লবী কনাগা থৱায় হীংহৌরি ॥

ফজবা শুমহৎপা অনৌবা কয়াদা
লুপখিহুনা থম্মোয় হোংখিদরা নুংশিবা
চীরোল হৈবী লমগী চেক্লাশিংনা
শুমখিহুনা পুক্লিংদো কাউখিদরা ৱাজেদা ॥

মীরমদা নঙনা চৎখিবদা নুংশিবা
নিংশিংবীয়ু লৈহৌরি হায়না ৱাজরবী অমা
কাউখিনু মৈশা লাংলবী কনাগুম্বী অমা
ইরমসিদা হীংহৌরি নঙতবু ঙায়হুনা ॥

( নঙ নত্তরা )

পাউখুম পীয়ু নঙ নত্তরা
ঐগী থম্মোয়দা লোত্তুনা লৈরিবা
হায়য়ুনে নঙ নত্তরা
অহীং মুংথীল পোথাবা ফংহন্দ্রীবা ॥

করম্নবু ইখিবা খঙহৌদে লকাদা
চেনা খুদীং ইরমলে নঙগী নমীংতা
করম্নাবু হুখিবা ঐগী থম্মোয়
ঐগীনি খল্লম্বা ঐগী ওইরমদরে ॥

করম্নাবু লৈখিবা খঙদবা শাহুনা
আশুক য়ামা খঙবসে ঐগী ইরাল্লা
কয়িগীনো চল্লম্বা থম্মোয় পাউখোঙ
ঙম্নরোই খঙনা ইথম্বা ফোঙজবা ॥

পউখুম পীয়ু নঙ নত্তরা
ম্মোয়দা লোত্তুনা লৈরিবা
নঙ নত্তরা
হীং-মুংথীল পোথাবা ফংহন্দ্রীবা ॥

লেখক্কী অহানবা ফোঙথ্রবা
শৈরেংগী লাইরিক :

গুলী অমসুং থব্যাইগী শৈরোল

---

নম্ফম :— শাস্ত্রী প্রেস, বি; টি, রোড, ইম্ফাল :কোপী - ১০০০,